# কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি

কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি কেল্লবা শমজিগী

কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি

কেল্লবা শমজিগী শমজিগী লৈরাংনি কেল্লবা




শরৎ [illegible]

# করনবা শমজিগী ঙৈ

" অরোইবা মিৎয়েং অমনা
মুৎলমদায় মঙম রোবদা
অরাবা লিশিং লোয়ননা
পেৎলমগে বিদায় শমজিদা।

শরত অরামবম

ফোংজরিবী: —

শ্রীমতি মৈশাতাবম পুন্যবতি দেবী বি০ এ০, বি০ এদ০

লিলাশিং খোংনাংখোং থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।

অহানবা খুৎনম: —

কোপী ২০ — শোক ১৯৭৪



মখুম য়েকপিবা: —

শ্রীরাজকুমার সোরোজ

খুয়াথোং, ইম্ফাল।

অইবগী অফোংবা লাইরিকশিং: —

ঐগী ঈশৈ — ১৯৭৩

'১০০' শৈরেং — ১৯৭৩



মমল: — লুপা ৪

নমফম: — ধনেশ্বরী প্রেস, সগোলবন্দ মৈন্য লৈরক, ইম্ফাল।

# কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি

কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি,
তাংবা লৈরাংগী চৈনারা
অরাবা থম্মোইগী লৈমায়দা।

লৈরাংনা লৈকাদা থায়নবা
লৈনম্না থম্মোইদা লৈংহৌবা
অরাবা পাংসিরা পুসিদা।

চাংলবা শমজিনা চায়থৌরি
লৈনম্মা মালংদা থাংহৌরি
মাখলনা মাখলদা পুলহৌরি।

লেপ্পবা থম্মোইনা যেংহৌই
নুংঙাইবা হাওদনা লেপহৌই
হিংশিরা, লৈশিরা, কনাগা।

তাং ২।১।৭২

# কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি

## লৈরাং খোয়মু থরো থম্বাল

লৈরাং খোয়মু  থরো থম্বাল
লৈচিন নোংফায়  উপাল রাপাল
পাখং লৈশা  পোম্বী চেক্লা
নুংশি নুঙ্গোল  খায়না মৈচাক
শমজি শমলাং  খুজং মায়থোং
মিৎয়েং নায়েং  ইরাং ফলাং
ফিজি ফিনা  খুজি নাচোম
লৈহাও লৈরেন  চিনি চম্প্রা
লৈকা লৈথি  মিৎলু পিরাং
শিঙ্গেল মমোম  রাখল মিনোক
থম্মোই থাবল  তেংথা নাওই
ইকায় ইকি  নুজা পোলোয়
মানজা লায়জা  ইখৌ লকা
মৈচাক মৈশা  থরায় মৈরা
চিল্লোক য়ারেক  লৈনম লৈনা
চৈনা চৈথেং  লৈমন লৈকা ?

তাং ৩০ ডিঃ ১৯৭৩

# অহোংবা কবিতা

অহোংবা কবিতা
অহোঙবা কবিতা,
অসাবা কবিতা
অশাবা কবিতা
অশেংবা কবিতা
অশেমবা কবিতা
অথিবা কবিতা
অথীবা কবিতা
অশিনবা কবিতা
অশীনবা কবিতা
কবিতা কবিতা
মতমগী কবিতা
অওনবা কবিতা
ওইদবা কবিতা
ঐগীদি কবিতা
ঈতগী কবিতা

তাং ২৬ জুন ১৯৭৪

# ঐগী ৱারবী পৃথিবী

ঐগী ৱারবী পৃথিবী
য়োহ্লিংকোহ্লৌনাপুল্লবী
য়োৎকী-পৌরোলনা-লোল্লবী
নংনি খাংলিবী লেল্লিবী
ৱাখল ফিগেনি মল্লবী
কলক মায়হিংনি কাৱবী
ৱাথোক চিরায়নি তাংলবী

নংনি ঐহাক্কী পৃথিবী
চহি কোটিগী লোয়নবী।
কুইরে
ফৎত্রবা
মীরক্তা
ৱারে অওনবা মরক্ত',
যুগ লিশিংগী মায়থিবা
জাতি কয়াগী য়েংথিবা
মাং-ত কলসি ঙাল্লম্বা।

তাং ২৫ ডিঃ ১৯৭৩

# লৈগী মখল মথেলনি

লৈগী মখল মথেলনি,
মথেল মখল মখানি,
লৈরাং লৈচন য়াম্বনি,
লৈশক তোঙান তোঙাননি।
মৈতৈ ললগৈ অচৌবা,
লবুক লমহাং অশংবা,
চীংশাং পরেং অৱাংবা,
চৎলুই কোয়রুই লৈলাংবা।
চংলে অচিকপা কাচিন,
উরে লায়রবগী খাংপোক,
[শম্বল মনুংদা লৈকোল,
মপোক থিরবী লৈরাং ]
কপলে উরগা হিক্লা,
ঙরাং পোমজবী ঈরোল,
য়েরে অশাবা মৈশা,
থৎলে অশাওবা খুৎনা।
খল-লা খলল শিংথাবা,
য়েংনা য়েংনা শিন্দোকপা,
অশাৎপা লৈরাং মরক্তা,
অপোম্বা অমা য়াওরমলে।

তাং ১৪ ডিঃ ১৯৭৩

# শিদনি থাপতনা ননাক্তা

শিদনি থাপতনা ননাকতা,
অনকপা থম্মোইগী মতায়দা,
ইশিল্লি লেপতনা নিংশিংবা,
অরাংবা পুন্সিগী অকাওবা।

লোয়দবা শৈরেংগী ইফুৎনি,
অহোংবা রাখলগী ঈহৌনি,
থম্মোইগী অরোনবা পোৎথাফম,
অরাবা অচিকপা তিম্নফম।

---

অরাংবা মীয়ামগী মরক্তা,
অচিকপা খায়দোকলি শৈরেংনা,
নুংশিবা মহাক্কী মনাক্তা,
অপাম্বা ফোংদোকলি ময়েক্তা।

অইংবা মায়থোংবু মীহৌবা,
অরোনবা মিৎচিবু মীতাবা,
ঐদনি অশেংবা অপংবা,
রাখলগী হিমালয় মতোন্দা।

তাং ১৫ ডিঃ ১৯৭৪

# মহাক্না ময়াম নুংশি

মহাক্না ময়াম নুংশি,
ঐনা মহাক নুংশি,
মহাক্না কোয়না চৎলি,
ঐনা মতুং ইল্লি।

ময়াম্না মাবু পান্নে,
মানা নোক্না য়েংঙি,
মীপুম খুদিং কৌনৈ,
ঐনা ব্রানা খাংঙি।

অপাম্বা মরোল লোল্লি,
মাগী ওইবা তান্নে,
নুংশিবা থোঙ্গাল লাল্লি,
ঐনা খাম্বা হোৎনৈ।

অশিংবা ব্রাখল খল্লি,
অপংবা ফোংনা হিংলি,
অশেংবা মশক লোৎলি,
অচুম্বা লোম্না কপলি।

তাং ১৯ ডিঃ ১৯৭৩

# ইখং খংহৌদে কদায়দা

ইখং খংহৌদে কদায়দা !
মমি তারমলে থম্মোয়দা
মশক ইশকস্থু খংনদে
মরোল ইরোলস্থু তিন্নদে ।

কংলবা পুন্সিদা চোংলে ?
বসন্তগী নোরবা য়েন্নিং
চাক্লবা থম্মোয়দা খিকলে
নুজগী লুরবা পিরাং ।

আশা লোয়রবা মপোক্তা
ময়োল চোংহল্লে নুংশিবা
লোয়রে খল্লবা তাইবংদা
নংনা খামহল্লে হিংনবা ।

"অরোইবা মিৎয়েং অমনা,
মুংলমদায় মতম য়েংবদা,
অরাবা লিশিং লোয়ননা,
থেৎলমগে বিদায় শমজিদা" ।

তাং ১৯ ডিঃ ১৯৭৩

# ব্রাখল চীংখৈ পাংবদা

ব্রাখল চীংখৈ পাংবদা
মদোম তরক লেপলিবী
চীংশাং নাপোম মচিদা
পামগী তাম্থা য়াওরিবী।
অয়ুক চীংমায় অশুকপা
কৌজেং হারৌ নাওকোনবা
উপাল ব্রাপাল খুন্দাবা
ছুইথৌ লাবা নাওকোনবা !
চীংজুম লায়জা ইফুৎনি
ঈশং লকতা ঈচেলনি
মুঙ্গায় লক্কী জগোয়নি
লিরী চেনবী পুকচেলনি।
মুংথিল মৈশা লাংলুরে
শমগী পোৎলুম লেংথোংলে
তাওবা ছুইনা লমজিংলে
মরান য়াইদা হল্লকলে।
চীংদা শাৎপী লৈরাংনা
খোয়রুম মিনোক অমনা
হংখি ব্রাহং মুংশিবা
ঐনা কেনগে কেনবরা ?

তাং ১ ডিঃ ১৯৭৩

## ৱাহৈ অনি অহুমদং

ৱাহৈ অনি অহুমদং
ঐগী ওইনা থম্বীয়ু
শুপ্পা পরেং শিমতং
ঐগী ওইনা খাকপিয়ু।

পুন্সি লম্বী লমখায়দা
লৈরাং কয়া শাৎহোই
কলক থোঙ্গাল চিদায়দা
মীরা মীশো লাংহোই।

নোংমা ঙহাক লাক্লম্বা
সুংশি হায়না হায়রম্বা
পাওখুম ঙায়না লেপলম্বা
ঐনি মৈচাক খাংলম্বা।

ৱাখল পরৈ অচেৎপা
লোন্না থুপ্পা থমলগে
পুন্সি লুকমাই অহাংবা
তাইবং কৈথেল খমলগে।

তাং ২৩ ডিঃ ১৯৭৩

# অমুক থকই, অমুক চম্মি

অমুক থকই,
অমুক ইরি,
কাওগে হোৎনৈ,
খল্লোই মরৈ,

শৈরেং ইরি,
চাক্লি মৈরি,
ঐগী চুরুপ,
মৈখু মরক,

শজিক থাবা,
পোদোন মৈরা,
রাখল ফিদুপ,
কোরৌ মশেক,

খনবা য়োরে,
থম্মোই শোকলে,
রাবা মপুম,
শিবা ভায়বা,

অমুক চম্মি,
অমুক খল্লি,
কাওবা য়াদে,
খনবা লোয়দে।

বিদায় পিরি,
উৎতা লোয়রি,
চম্বা লেপতে,
খনবা লোয়দে।

মঙাল শামলে,
রানা চাকলে,
চীংখৈ পাংলে,
তপ্পা লাকলে।

লৈবা রারে,
চৈখৈ চিংলে,
হিংবা মচেৎ,
পুন্সি খুৎথেক!

তাং ২১ ডিঃ ১৯৭৩

# খল্লম্বা ব্রাখলগা

খল্লম্বা ব্রাখলগা
কৈরম্বা ফিবমগা
লোয়নমক তায়ওল্লে
পুম্নমক হোংলমলে।

পোকপনা নিংতম্না
পুনবনা য়েহ্লিংনা
হিংবনা সমাজদা
লৈবনা থাংপোক্না।

ঙসিদা নৎতনা
হয়েংস্থু ব্রাখিনি
ঐগীদা নৎতনা
নংগীস্থু লাকখিনি।

মুংশিগী লিকলাংসে
নংঙোন্দা হুকলমগে
নোংমগী লাকপসে
নোকলগা হনখিগে।

তাং ১১ ডিঃ ১৯৭৩

# থাজবা অমতনি থিরিবা

থাজবা অমতনি থিরিবা
অপাম্বা অদুতনি ঙায়রিবা
অরেপ্পা মরুপনি খঙনিঙবা
অশেংবা থম্মোয়নি ফংনিংবা।

অপাইবা লৈচিলস্তু চৎখিনি
নুংশিগী রাখলস্তু কাওখিনি
চান্নবা থম্মোয়স্তু কায়খিনি
শাৎলম্বা লৈরাংস্তু কেনখিনি।

নৌরিঙৈ শাৎচহো ফুগায়না
থোৎলিঙৈ কেজহো হরাওনা
খামজিলহো থম্মোইগী খোয়রাংবা
থাদোকহো মতমগী অরাংবা।

পুন্সিগী অরোইবা মতমদা
তারমদাই নুমিৎকী মশেরা
তৎতনা পাওমেল্লি খংজিল্লু
থাজবা য়াওদনা হিংলুনু!

তাং ১৮ ডিঃ ১৯৭৩

# অহিং লোম্না লাক্লম্বা

অহিং লোম্না লাক্লম্বা,
ঐগী থোংনাও হাংলম্বা,
তাকউ নশক অশেংবা,
হায়য়ু নমিং অওইবা ?
মংলান কয়া খুগায়বা,
তুমখুল তোয়না কায়হনবা,
নাপ খুদিং পাওদম্বা,
মীপুম খুদিং হৌদোকপা ?
লোম্না কাদা চংলগা,
'ভানবা মৈবু মুথৎপা,
লৈকোন খুদিং চংলগা,
লৈরাং মথৈ হুমদোকপা ?
অহিং মিশেন খাঙলিবী,
খায়না মৈশা লাংলিবী,
মুজা নাক্তা চঙলগা
শাইগী শাইওন খোমলুবা !
য়ুমথোং খুদিং চঙলুবা,
লবুক লমহাং কোয়রুবা
লমজাও কোনগী মালংবা,
করি থিবা লাকলিবা ?

তাং ৮ জানুঃ ১৯৭৪ ।

# হৈবোক চীংশাং, মমিং কাওরে

হৈবোক চীংশাং— মমিং কাওরে,
কৌব্রু চীংদোন— কাবা তম্নরে,
কাঞ্চী লৈকোল— লৈহাও চেন্দ্রে,
লোক্তাক ইপাক— মশক নায়দরে।
মৈতৈ লৈবাক— লৈকং ওল্লে,
লবুক লমহাং— লৈক্রক চৎলেনে,
ইম্ফাল তুরেল— ময়াং কংলে,
মৈতৈ জগোয়— খুৎথক কায়রেনে।
হরি নোংনাং— মখোল ওল্লে,
কৌজেং-হারৌ— যুম্বাল হোংলেনে,
রাকচীং উলেন – উনখা তারে,
শকলোন কয়া শকফম কায়রেনে।
ফিবম কয়া— ফিজোল হোংলে,
পামেল কয়া – ময়োল খুইরেনে,
মাংদা উরে – য়েংবা ঙমদ্রে,
খংওন ওল্লে – খাম্বা নংদরে।
রাথল হোংলে · পুকচেল ওল্লো,
ঙসি নৎতে·· হয়েং ঙায়রেনে,
রাবা লোয়রে— য়েম্নিং হুল্লো,
হয়েং য়ৌরে— লোয়বা নৎতেনে।

তাং ১২ জুনঃ ১৯১৪।

# মংগী দুকান ফমজরি

মংগী দুকান ফমজরি
অহিং কৈথেল কাংজরি
মংলান চাম্মা য়োনজরি
অরা নুংঙায় য়াওজরি ।

লায়র অনং কনানো
অপাম নুংশি কয়ানো
পামু কাদা য়ৌগেরা
নুংঙায় য়াইফ ওইগেরা ?

ঙসি অহিং মংলানদা
লৈমা নিংথৌ ওইগেরা
অরৈ লৈত থিহৌরো
'অপাম পামদ খলহৌরো ।

ফিজেৎ লৈতেং অরাৎপা
খল্লা খল্লা শেৎহৌরো
সনা লুপা মীহৌবা
পাম্বা খন্না শিহৌরো ।

মংগী চোয়রোল মরক্তা
মীগী রাখল লোয়রনি
নংগী তুমখুল মনাক্তা
অহিং পোৎফম ফমবনি ।

তাং ১৩ ডিঃ ১৯৭৩

# হয়েংদি থেংখিনি

হয়েংদি থেংখিনি,
হায়নবা নংহৌরোই,
হংবদি হংহৌসি,
খাম্নবা ঙমহৌরোই।

সুংশিগী মীনোকস্ত,
মিৎলুগী পিরাংস্ত,
শুপনগী ঙহাকনি,
অয়ুককী নোংহৌনি।

চৎপদি চৎলুসি,
অচিকপা লৈকোন্দা,
হনবদি হল্লকসি,
হায়নবা মতমদা।

মালংদা পাওজেল্লুই,
লাকপরা হল্লকতে,
লৈরাংদি শাৎহৌই,
লৈনমদি পুরকতে।

তাং ১০ ডিঃ ১৯৭৩

# নংনা লৈনি, ঐনা মৈনি

নংনা লৈনি, ঐনা মৈনি,
নংনা থম্মোই, ঐনা মৈচাক,
ঐনা মালং, নংনা লৈনম,
ঐনা হকচাং, নংনা থবায় ।
নংনা মিৎলু, ঐনা পিরাং,
নংনা তায়বং, ঐনা মংলান,
ঐনা পোলোই, নংনা শৈহৌ,
ঐনা লোয়বা, নংনা য়েংবা ।

মোংফম অমা, সুংপাক থক্তা,
ইরি ময়েক, ব্রাহৈ কয়া,
"তপ্না থাংউ, তাবা ব্রারে,
খুজি মখোল, তুমখুল কায়রে ।"
কেল্লি উনা, খিকলি লিক্লা,
কেমলি পুন্সি, উফুল লক্তা,
"নংগী ঐগী, করি লৈরি,
মাংগী তুংগী, মংগী ব্রারি" ?

তাং ১৪, জুলাই ১৯৭৪

# মংলান কয়া মংলুরে

মংলান কয়া মংলুরে,
মংগী লৈবাক য়ৌরুরে,
কাঞ্চি লৈকোল চংলুরে,
কৌব্রু চীংজাও কারুরে।
লোকতাক ঈপাক ঈয়াইদা,
লেমলৈ ঙাবু ফারুরে,
হৈকক তিংখং মরক্তা,
রাকগৈ হিবু হোল্লুরে।
খল্লোং চীংশাং পরেংদা,
খুদম কয়া য়েংলুরে,
ইম্ফাল তুরেল মরিন্দা,
ঈচেল থেক্লা কোয়রুরে।
মোইরাং মায়কৈ পাংলগা,
কংলৈ-রোনবু ফাকলুরে,
চৈরাও চীংবু কারগা,
চহি অমা হাপলুরে।
লৈকোল খুদিং চংলগা,
অপাম পামদা খল্লুরে,
অচিক-পদা য়েংলগা,
ইঙেল লৈদা ঙায়রমলে।

তাং ৮ ডিঃ ১৯৭৩

# লোয়রমদায়দা হায়রমগে

লোয়রমদায়দা হায়রমগে,
চৎলমদায়দা তাকলমগে,
খংনিংবদা খংহৌরো,
হংনিংবদা হংহৌরো !
অমম অঙান ছোকমদা,
শিবা হিংবা তম্বনি,
অহিং নুংথিল চিদায়দা,
ঐদি ঙহাক লেপ্পনি ।
মতম মাগী খজায়দা,
খুদম অমা থনমগে,
নুজা নংগী থম্মোইদা,
শমক্রু অমা নমলমগে,
নুংশি নংগী ঙকশমদা,
লিক্লাং পরেং হুকলমগে,
কায়না ফিজং মরুমদা,
তায়বং কুম্মৈ য়েংলমগে ।

তাং ১ ডিঃ ১৯৭৩ ।

# ঐগী ইরাল থিরবা

ঐগী ইরাল থিরবা
ঐবু মরাল পিরবা
ঐনা করি লাল্লবা
চিক্লা ইংনা ঙানজবা ।

নৈচিন ঐগী মরুপনি
থরো ঐগী ইচলনি
নোংদোন অতিয়া লম্বীনি
অহিং ঐগী তালোয়নি ।

মালং ঐগী পাখোলনি
শজিক থাবা লৈতেংনি
নিংথৌ তুরেল ঐগীনি
খোংজোং মুবী তরেৎনি ।

নিংবা কায়রে ঐঙোন্দা
থম্মোই শোক্লে থাবন্দা
পাওথোকশিল্লে ঐঙোন্দা
ইকায় হল্লে ঙানজবা ।

ঐদি থম্মোই হুরুদে
মুজা কাদা য়েৎলুদে
মীনোক মীরা লৌনিংদে
থাজ ওইনা লৈনিংদে ।

তাং ২৯ ডিঃ ১৯৭৩

# য়ুমগী মৌবু হায় বা

য়ুমগী মৌবু হায়রুবা,
ইকায় ইকায় হল্লকলে,
মুপী মম্মুম মুংঙায়বা,
পিরোয় হায়না হায়রকলে।
থবক ইনখাং তৌদবা,
লৌরি ইংখোল লৈতবা,
ইচা ইশু থাজরোই,
মরি মতা ওইজরোই।

পারি পুরি হংনদ্রে,
শাগৈ নাতৈ থিনদ্রে,
পৈশা ! পৈশা ! লৈহৈদ্রে,
লমচৎ শাজৎ, য়াওনদ্রে।
মৈতৈ লৈবাক ম্লানরে,
লৈবাক মচা লায়ররে,
খোয়রেন মশা পায়নরে,
"সনা লৈবাক" খিজরে।

তাং ৩১ ডিঃ ১৯৭৩

# নোংথক্কা পাইশিরা

নোংথক্কা পাইসিরা,
মালংগা কোয়শিরা,
অহোংবা পামশিরা,
মালেমদা লৈশিরা ?

ব্রাখলনা নোংদোন্দা,
থরায়না লৈচিনগা,
ইশানা মালেমদা,
হকচাংনা তায়বংগা !

খনবনা অব্রাংবা,
আশানা হিংহনবা,
তাবনা লৈমায়দা,
লোয়বনা মংলান্দা।

মালেমসু নোকহোরি,
লৈরাংসু শাৎহোরি,
মালংসু কোয়হোরি,
লৈনমসু ঙাওহোরি।

লৈচিনসু পাইহোরি,
থাজসু ঙায়হোরি,
নোংদোন্দা চৎশিরা,
তায়বংদা লৈশিরা ?

তাং ৯ ডিং ১৯৭৫

# অৱা নুংঙাইগী লেপতবা খোংচৎ

অৱা নুংঙাইগী লেপতবা খোংচৎ,
অকল অথৌগী হৌখিবা ৱারি,
চৎসি থিরুসি হিংবগী মিংচৎ,
মৈতৈ ঐখোয়গী পুন্সিগী লম্বী।

য়েংঙউ লেপলিবা অৱাংবা চীংশাং,
মকা লামলবা অশংবা লমহাং,
ঐগী পোকনফম ঐগী হৌরকফম,
মানি পোংথাফম মানি পল্লেপফম!

লৈরে ফজবা খুংগশেন্না থল্লে,
শকলে নুংশিবা ঈশৈনা নিল্লে,
কৌরে লেপতনা তিল্লে মীয়াম্না,
তারে কপলগা অপোকপি ইমানা।

বসন্ত ঋতুসু নংগী লৈতেংনি,
হৈরাং লৈরাংসু নুংশি খুদোলনি,
লৈচিল নোংফায়সু মালং পাওজেলনি,
লোকতাক ইপাকসু নংগী মিংশেলনি!

তাং ৪ ডিঃ ১৯৭৩

# অশাংপা 'মগী দমক্তা

অশাংপা 'মগী দমক্তা
অপোম্বা কয়া মাংনরি,
মুংশিবা মাগী দমক্তা
অরাবা কয়া খাংনরি।

খংনিংবা হেনবা পুন্সিদা,
ওইজবা পাম্বা হেনবনা,
নিংহন নিংহন য়েংলগা
নিংজিং মাংজিং হনগেরা?

ঙহাক ঙহাক্কী পূকচেলনি,
মকম মতমগী হোংবনি
পেনদবা মীওই লিশিংনি
লেপতবা তেংথা নাওইনি।

ঐহাক য়াওদবা তায়বংদা,
কপ্লি কাম্নবা মুংশিবা,
ঐগী অরোইবা খোংচৎতা
লাও চৎলসি মিনম্বা।

তাং ১৮ ডিঃ ১৯৭৩

# মীনা শা ওল্লে

মীনা শা ওল্লে,
মমিৎ ঈ কারে,
শাহিং ঙাহিং চারে,
নাপী শিংবি শায়রে।

মী মবুক লামলে,
ফি ফি-ফি কামলে,
মচা মশু তাল্লে,
মরুপ মপাং হংথলে।

শেন পায়বা কাংবু,
ঈ চুপ্পা শঙ্গু,
মবুক মখাং নোয়রে,
মমায় মমিৎ থোল্লে।

লাক লাক্কা চারে,
পুক লাম্বা য়োরে,
শরু উন্না কুপলে,
লায়র অনং শিরে।

লৈ, করাম চাওই,
চায়, খয়াৎ লাওই
লৈতে লাকনা মচাই,
ফংদে লোম্না মহুই।

তাং ১২ ডিঃ ১৯৭৩

# য়াবা তারবা মতমদা

য়াবা তারবা মতমদা
নিংবা কায়রবা পুন্সিদা
কয়িগী কৌরি লেপত্তনা
কনাবু থিরি তংতনা ?

নোংলৈ মুংশিংকী মরক্তা
খাকলি নোংথাংনা 'তিয়াদা
অকপ অয়াওগী খোঙ্গেলনা
নিল্লি লায়রৈবাক খোন্থাংনা।

নংগী নয়ালগী মপাপনি
নংগী নাপলগী পাওখুমনি
লৈরি লোয়খিরোই অরাবা
ঙায়রি চাম্মরক তিনশিনবা।

নিনি খোংদাবা পুন্সিদা
মীনি নাপলগা হিংলুবা
করি ওইরবা অপংবা
করি ফংলবা পোলোয়দা ?

জাং ৮, ডিঃ ১৯৭৩

# মহৈ তম্বা খিরে

মহৈ তম্বা খিরে
লাইরিক হৈবা ৱারে
থবক ফংদে মীরেম
খিবা তারে থোরেম।

ইমুং মমুং কায়রে
চাখুম মৈরি মুথলে
যুম্বাল মিরাং থুরে
নংবা মপাল থোকলে।

খোল্লাও তোয়না লাওরে
লাম্বা কোকপা ঙমদ্রে
পাওতাক কোঙ্গায় লোরে
থোপতা চংউ য়াদ্রে।

চরম খরক বংলে
থম্মোই লৈক্রক চথলে
মীনা যন্ত্রূপ নায়রে
কৈথেল যণমুক ওইরে।

কমুনেলিজম, সোসিএলিজম,
কেপিটেলিজম, দেশপেটিজম,
নিপোটিজম, গ্রুপিজম,
ইজম, ইজম, ইজম, ইজম,
থারে খিরে ফেবোরেটিজম!

তাং ১০ জুন ১৯৭৪

# ঐদি ইদোম পোকপনি

ঐদি ইদোম পোকপনি,
ঐগী ইমা লুখ্রানি,
তম্না কৈথেল ফম্বীনি,
অরৈ লৈতা থিবানি।
মহৈ তম্বা পামজবা,
লৈত লৈত তমজরে,
মীরক তিনবা ঙমনবা,
বি, এ, ফাওবা য়ৌজরে।
চারা নাম্মা চারগা,
থবক থিবা চৎলুরে,
মফম খুদিং চংলগা,
ফংবা লৈতে হল্লকলে।
মীহং শঙ্গন লৈজদে,
ব্রাহ্মণ পৈশা পায়জদে,
লায়র-অনং লৈহৈদে,
মহৈ তম্বা কাম্নদে।
ইমা, ইচা ফমমিম্নে,
অরৈ, লৈতা ব্রাতাম্নে,
য়েংল, য়েংল কপম্মিম্নে,
খল্লা খল্লা ব্রামিম্নে।

তাং ৩০ ডিঃ ১৯৭৩

# নৌজরিবী ঐহাকনি

নৌজরিবী ঐহাকনি,
মীতাবীন্নু অমুক্তা.
পোমজরিবী লৈরাংনি,
হৎপিখিন্নু লৈখোক্তা।
হৌবীরন্নু খোয়রাবা,
ভম্বীরন্নু লমহেনবা,
চিংব ন চিবোন নাপদা,
লোন্না লোন্না থাবন্দা।
লৈবা ষন্না শাৎচগে,
মকা লামনা নোকচগে,
অপাম পামদ খনজগে,
হরাও তয়াম লেনজগে।
লৈখোং শংবা তোয়বনা,
খাগৎবা মাপাম্নৈজ,
মালংবনা উরগা,
পাওথে কবা ইকায়জৈ।

তাং ২৫ ডিঃ ১৯৭৩

# কৌবিন্নু লেপতনা

কৌবিন্নু লেপতনা
অথেংবা অহিংদা
মুংশিবা ঈশৈনা
কায়নবা মত্তমদা।
অচিকপা থাবন্দা
খাংউমদে থম্মোইসে
অরাবা রাথন্দা
লৈংউমদে ঐহাকসে।
পুবিরো লোয়ুম্বা
অথাপ্পা মফমদা
তংনবা লৈত্তনা
মুংঙায়বা মপোক্তা।
পোমলিবী ঐহাকনি
নংতগী হিংজবী
নৌরবী পুন্সিনি
রাবদা খাংজবী!

তাং ৮ ডিং ১৯৭৭

# উন্নখিবা মত্তাংদা

উন্নখিবা মতাংদা
নুংশিবনা হাল্লুবা
মাগী ঙাক্লা খল্লুবদি
থম্মোই করম খামহৌগনি ?
লৈহি চেনবী লৈরাংনা
মশুং লানগী ঙায়রগা
খোইমু শমায় লৈরবদি
লৈরাং করম খাংলমগনি ?
ইকাইখিবী ওইবনা
ঈপালত্তাংবী থরোনা
থাজ কাদা য়োঙমদবা
থরো করম খাংলমগবা ?
ইশুংলাংগী ব্রাবনা
লায়বকথিবী নুজানা
খায়না মৈশা লাংলবদি
ঐদি করম খাংলশিবা ?

তাং ১ ডিঃ ১৯৭৩

# চৎলি থেংনৈ, হল্লি উনৈ

চৎলি থেংনৈ, হল্লি উনৈ,
মাগা য়েংনৈ, মিৎকা চাইনৈ,
ব্লারি শান্নৈ, কোয়সি হায়নৈ,
ঐগা লোয়নৈ, চাক্লা খাংনৈ।
মুমিৎ মুদিং, অকা অকুম,
অহিং মুংথিল, অমম অঙান,
খনবা তোকতে, কাওবা য়াদে,
লৈফম খংদে, খাংফম খংদে।
চাকনৈ ঙায়নৈ, খাংনৈ ৱানৈ,
খংনৈ কৌনৈ, কোয়নৈ লোনৈ,
লেপ্‌তে শাওনৈ, কুইদে থায়নৈ,
লোয়রে খন্নৈ, কুইদে কাওনৈ।
ঙসি ঙসি, হয়েং হয়েং,
নোংমা নোংমা, হৌরে লোয়রে,
মুংশি ৱারি, ঙৱাং নহাল,
লোয়রে ৱাওরে, ওইরে তাশোন।

তাং ৫, ডিঃ ১৯৭৩

# অসি খক্লা হংলি

অসি খক্লা হংলি ?
খুম্বা লৈতে মানা,
হন্না হন্না কৌরি,
হন্না য়েংদে তানা !
নংনি পুকচেল কনবী,
নংনি নাপল চাওবী,
য়োৎকী মমি চেনবী,
মুংগী থম্মোয় লোবী !
পিয়ু ঐগী পাওখুম ?
পুন্সি শিগী ৱাফম,
থম্মোয় শোক্লা হিংবা,
মৈচাক খাংনা লেনবা ?
ৱাথোক থোঙ্গোল লাল্লে,
চীরোন মাপল শারে,
'পাম্বা ননিং তমলো,
পুন্সি নাইতোম লেল্লো ।
হিংবা মখৈ পাম্মী,
ঙহাক কুম্মৈ য়েংবা,
অসি খক্লা ঙায়রি,
নংনা হিক্লা কপ্পা !

তাং ১৮ ডিঃ ১৯৭৩

# হয়েং কাওবা তাবরদি

হয়েং কাওবা তারবদি,
ঐবু ওসি হায়হৌসিরা ?
চীংশাং লাম্না পাইরবদি,
ঐবু মতুং ইলহৌসিরা ?

মুংশি নংগী মমিসিদি,
মতৌ করম তারমলিবা,
থম্মোই নুংগী মৈচাকসিদি,
করম হায়না চুরমলিবা ?

পলেম পম্ভো খংলবদি,
করি হায়না খুমসিগবা,
খায়না মৈশা লাংলবদি,
ঐবু করম থাংশিগবা ?

পাইমা পুকচেল হোংদবীনি,
থম্মোই লিশাং থাজবীনি,
ইকাই ইকি খংলবীনি,
নশুং লাংগী হিংজবীনি ।

তাং ২৪ ডিঃ ১৯ ৩।

# ব্রারক্কী তয়াল অঙাংবা

ব্রারক্কী তয়াল অঙাংবা
ফৌ শংবাই অচোনবা
ইমাগী পান্নি অচানবা
লাও, চারো অরৈবা।
সুমিৎনা য়ৈরে দারিদা
তো, মাঙ্গোল মচিদা
হৌগৎলৌ থেংলে ওইনবা
শে, পোগে ইমানা।

নহাক্লা হয়েং চাওরগা
তাও, ইমাগী মনি
মীকোক থোংবা ঙমনবা
পাও, নোংমগী পান্না।
ইমানা কৈথেল কারগা
চেং কবোক লৈরুগে
ইচানা পাখং ফারগা
হো ইমাদি নোকচগে।

তাং ৮ ডিঃ ১৯৭৩,

# ঐগী থোংনাওদা, থাজনা য়েংলম্মী

ঐগী থোংনাওদা, থাজনা য়েংলম্মী,
ইচিক হুল্লবা, থেংলবা তাংলোৌদা,
শুমাং মচিদা, থাজনা কোয়রম্মী,
মিপায় থিরবী, মালিকা মখোংদা।

মালং ইথিলদা, অমুবা লৈচিন্না,
লোৎখি থাজবু, অমমবা অহিংদা,
কেনখি মালিকা, অৱাবা ৱাখলনা,
ওনখি লৈমায়দা, খাংজবা ঙমদনা।

থৱান মিচাক্না, মালংবু ৱারোৌরি,
তথক তথক্না, মিৎচিবু খৎনরি,
শজিক থাবানা, অয়ুক্তা ৱাকৎখি,
চীংথৈ ফিদুপনা, অঙানবা পুরকখি।

লিক্লা মরক্তা, কেল্লবী মালিকা,
অহিং অৱাবা, খাংলম্মী লেপতনা,
তপনা খোমজিনখি, থোৎলবা খুৎতুনা,
পুখি লৌশিনখি, মহাক্কী মফমদা।

তাং ৪ ডিঃ ১৯৭৩

# পেল্লে খিরে খারে

পেল্লে খিরে খারে
চারে থকলে ভুমলে
কোয়রে চৎলে য়োরে
উরে খংলে তারে -
মানা মানা মাগী
ঐনা ঐনা ঐগী
শিনি মাগী মাগী
শিনি নংগী মীগী—
ঙসি ঙরাং নহাল্
হয়েং হংচিৎ মশেম
নোংমা নোংমা লেল্লি
উনা উনা হৌরি—
ঙরাং 'ভুনা নংগী
ঙসি 'শিনা ঐগী
হয়েং মীরোন অমা
হংচিৎ থম্মোয় অমা—
চৎনা চৎনা হল্লি
হন্না হন্না চৎলি !

তাং ১৬ ডিঃ ১৯৭৩

# থম্মোয় শেগাক কায়রে

থম্মোই শেগাক কায়রে
নাকোং শিংজা য়ৈরে
পুন্সি তাশোন ওইরে
পৃথি মচেৎ তারে !
কাংলুপ শঙ্গু নায়রে
মীচং মীখাই তারে
লানগী লাম্থোং শিল্লে
মীনা মীবু হাৎলে !
হাৎলো শিরো তুমলো
তোয়রো তাকলো মাংলো
ঈগী ঈখোং তোরো
মংগী কৃদো শেমলো !
নংনা ঙম্বা শকলো
পজেং ফিরাল থেৎলো
মিংচৎ ! নংগী ওইজো
ঐদি পামদে লোজো !

তাং ১৭ ডিঃ ১৯৭৩

# অচিকপা ৱাখলনা

অচিকপা ৱাখলনা,
অথেংবা অহিংদা,
অথাপ্পা ত্তো'বানগী,
লৈরায়দা য়েরুরি ।
অশাওবা ঈচেলনা,
ঈরৈগা লোয়ননা,
পেন্দবা ফোংদোকলি,
অৱাবা খোমজিল্লি ।
লৈঙোয়গী লমহাংদা,
থমলুরে নিংশিংবা,
মতমগী ঈচেলদা,
পিরুরে থাজবা ।
পুন্সিগী থৌদোক্না,
হিংবদা ৱাহল্লে,
তায়বংগী খোংচৎনা,
মংলান্দা তাওহল্লে ।

তাং ১৭ ডিং ১৯৭৩

# হুমবিনু মালংবা ঐহাক্কী মোংফমদা

হুমবীনু মালংবা ঐহাক্কী মোংফমদা.
তম্বীনু হৌখিবা অরোইবা য়াহিপতা,
ঙানবীনু মোংফমদা মেরাগী থাবলনা,
খিকপিনু ইংলবা ব্রাকচিংগী উনখানা।
তুমদনা তুমলিবা ঙাংদনা তারিবা,
মৈতান্না ব্রাখৈবা অচিকপা তের্বান্দা,
নিংশিংবা ফুরাগী অরোনবা লৈন্নুংদা,
লেংদনা লৈরকলি নানথোকপা ঙমদনা।
ঐহাকসু নংগুম্না পোক্লম্মী মীওইনা,
হিংলম্মী তায়বংদা খাংলম্মী অব্রাবা,
হিংজগে থৌরাংবা মুংঙায়বা মপোক্তা,
খংহৌদে থুংলুবা শিবগী তম্পাক্তা।
হায়নিংবা কয়াসু হায়হৌদে নংঙোন্দা,
পিনিংবা কয়াসু ঙমহৌদে পিহৌবা,
শিরগা লোয়রবা কেমলবা মপোকনি,
তরংদা পায়রিবা ঐহাক্কী থব্রায়নি।

তাং ২ ডিঃ ১৯৭৩

# তানিংবা পাও ঙাইরি

তানিংবা পাও ঙাযরি
উম্নবা খুদিং হংঙি
হাযরকপা মখে খুম্মী
অরাকপা খুদিং তম্মী।

মহাক্না করি হাযবা
কৈদৌঙৈ হায়গে হাযবা?
"হয়েংদি শোয়রোই তানি
অশেংবা শুনা খংনি।"

অশুম্না ঐখোয় অনি,
উম্নবা খুদিং হংনৈ,
ঙহাক লৈতে শাওনৈ,
অমুক নোকই চান্নে।
খংনিংবা ঙাযবা ঙমদে,
মুংশিবা লোৎপা য়াদে,
ঙাইনবা লেপ্পা নৎতে,
হংনবা তোকপা লৈতে।
নোংমদি খংনি অচুম্বা,
ঙাযবদি ঙাযসি ঐহাক্না!

তাং ১৯ ডিঃ ১৯৭৩।

# পিখিদে নংনা ঐঙোন্দা

পিখিদে নংনা ঐঙোন্দা,
অচেৎপা রাহংগী পাওখুম,
হায়রমদে চৎখি তাকতনা,
ঙায়রমদে হনখি য়েংদনা।

অরাবা রাখল তৌশিরা,
নোক্লা হরাওনা লেনশিরা,
অতোপ্পা লম্বেল থিশিরা,
ইংনা অশুম্বা হিংশিরা ?
লোয়বা নায়দবা রাহংনা
হংলি ঐহাকপু চামমরক,
খুম্বা ঙমদবা পাওখুমনা,
খাংলি খল্লগা লিশিংলক।

অঙাওবা ঐগী পুন্সিনি,
চৌংমাইদা চাকপা লাম্মৈনি,
শৈরেংনা ঐগী পাওখুমনি,
নহাক্না ঐগী মোংফমনি।

তাং ৯ ডিঃ ১৯ ৩

# মুংঙায়বা য়েংউরে কাম্নদে

মুংঙায়বা য়েংউরে কাম্নদে,
মুংশিবা তমলুরে ওইজদে,
ফজবা উরুরে খোয়দাদে,
অচুম্বা চৎলুরে তোংজদে।
অবাংবা আশাদা হিংলুবা,
অশেংবা রাখলতা খল্লুবা,
লোয়নমক অরেম্বা ওইরমলে,
ঙমনমক ওইদবা তাহললে।
অনিংবা অমতা থুংদনা,
অপাম্বা অমতা ফংদনা,
ঐহাকপু হনবদা তারবা,
অশিবা হিংবদা মুংঙায়বা ?
মিৎলুগী লাইজম্ম নমথাকনি,
মুংশিগী মিনোকস্ম চিরোলনি,
কনানা ঐগীনো অওইবা,
নংগীনা কনানো লেংদবা ?
থাজবা অমগা লোয়ননা,
মুংশিবা শিদদি থনমগে,
অনিংবা অসিনা মাংওইনা
কাওদবা অদুতা ওইহোগে।

তাং ২৪ জানঃ ১৯৭৩।

# লংজিন পুল্লবা লংলানি

লংজিন পুল্লবা লংলানি,
লমজিং লাল্লবা লম্বীনি,
ৱাথোক চাওরবা পুন্সিনি,
ঈচেল খোয়রবা ৱাখলনি ।

মুংশি পরৈনি অচেৎপা,
পুন্সি খোংনৈনি অহোংবা,
তায়বং মৈশানি ওমচাকপা,
মিৎলু লাইজনি কপলিবা !

পুল্লি থোৎলবা লংলানা,
ফারি অচেৎপা খুৎপুম্না,
থিংলি অথামবা চৈথৈনা,
খাংলি কাওথোকপা ওমদনা ।

মুংশিবা ৱাহংগী কোচি,
কায়হৌবা মহাক্কী মির্থচি,
থেমজিল্লি অমুকস্সু হন্না
শাওহল্লি হেন্নচুম থোয়না ।

তাং ২০ ডিঃ ১৯৭৩,

# হায়নিংবা মানা হায়দ্রবা

হায়নিংবা মানা হায়দ্রগা
খুমনিংবা মানা খুমদ্রগা
অসিবু মুংশিবা কৌশিরা
অসিবু চান্নবা হায়শিরা ?
ময়োন খুইরবা আশানি
মৈচাক খাংলবা থম্মোয়নি
ফিরুক খুমলবা রাখলনি
লোয়বা ঙায়রবা লিলানি।
ঙসিগী রাথোক ময়ামশে
কনাগী মরাল ওইগনি
ঙরাংগী থৌদোক কয়াশে
করিগী ইরাল শিগনি।
ঐখোয় অনিগী খেন্নবা
পুকচেল অনিগী অহোংবা
লোয়বদা তারে কায়নবা
পেনবদা তারে নোংদমবা !
ঙসি অনৌবা রাখন্দা
অরাবা অমুক হাপচিল্লে
ঐগী অরাংবা পুন্সিদা
অহংবা খুদম থনমলে !

তাং ৯ জানঃ ১৯৭৪

# নোংমা অথিবা য়াহৈনা

নোংমা অথিবা য়াহৈনা
মাগী য়েোৎকুম্বা থম্মোইনা
পিখিদে চংজম্ম থিজবা
তাখিদে তোয়না হায়জবা—
হল্লো কান্নদে লায়রবা
চৎলো লৈহৈদে অনংবা
মুংশিবা য়াওদরে মীয়ামসে
মীমুংশি চেনদরে লৈবাকশে।
লায়বককী মনায় ওইরিবা
হিংবগী মৈচাক থাংলিবা
লেল্লনি নংদি মীমাংদা
শিরনি মীশি চদানা—

মোৎলবা সমাজ ওইরনি,
লমচৎনা লৈনাং তারনি,
পৈশানা থম্মোয় য়োল্লনি,
মৈতৈগী মঙ্গল হোংলনি।

চহি ৫০গী মনিপুর,
ঐদি উরে মীৎশিনা,
মাগী মশক মাংলবা,
নংবু মৈতৈ কৌখিদ্রা?

তাং ১৬ ডিঃ ১৯৭৩

# করিগুম্বা মতাংদা

করিগুম্বা মতাংদা, কনাগুম্বী মুজানা,
নংবু মুংশি হায়রগা, পাওখুম করি পিগনি ?
ভাংদে খুমদে লেপহৌই, হায়দে তাদে শাওহৌই,
চাক্লা চাক্লা খাংলগা, তুমিন তুমিন য়েংলগা,
নংগা মাগা মরক্তা ! —মথংদা !

ওইনজবা মতাংদা, চান্নরম্বা থম্মোইনা,
মুংডোম্নবা লৈরগা, পুন্সি করম লেনগনি ?
চিবোন চিবোন নোকমিন্নৈ, রারি চিলোক নমিন্নৈ,
হিংবা লৈবা কাংথোকলুই, পুন্সি লায়না লেনথোকলুই,
মথোয় অনি তরংদা ! —অদুদগী !

থুংনরবা মতাংদা, চারুরম্বা অনিনা,
হরাও তয়াম হেনখিবা, হয়েং করি ওইহৌনি ?
মথোয় অনি কায়নখি, তুংগী আশা লোয়শিনখি,
মাগী ঐগী ওইরম্বা, লৈশি হিংশি রাশকপা,
মথোয় অনি লমথায়দা ! —অরোইবদা !

কায়নখিবা তাবনা, খংহৌদনা নোংদম্বা,
মিৎলু ইরা শিনখিবা, লৈচিল নোংফায় মরক্তা,
কনা য়েংনা হিংগনি—?

তাং ২১ জুন ১৯৭৪

# ইঙেললৈ—ও ইঙেললৈ

ইঙেললৈ--ও—ও ইঙেললৈ,
ময়াংদো লক্ষী ঙাম্নলৈ,
বংলা মবোম থেম্নলৈ !
নংতে চীংদা শাংপী,
চিন্নদনা বেনখিবী-দো !

ইঙেললৈ ! ঙাওনরে, চাকনরে,
নংবু উরে ঙাংনরে,
শকলোন লিশিং পুবিরা,
হাই হুমনা চংপিরা ?
নোক খেবা পাম্বীরা,
মিংচি লাংবু থাকপিরা ?

ইঙেলৈ ! খংনরে, হায়নরে,
নংবু য়েংলে ঙকনরে !
ঙসি চাওখং ইয়াইদা
তুং মাংবু য়েংদনা,
হুং ফেংতা লেনগেরা,
পুন্সি শিবু ফাগীরা ?

ইঙেললৈ ! নংতেনে তায়ওল্লে,
অসি—খক্তা হায়—হৌগে,
হেক্কে চীনগে য়াম্বনা,
হো ! শুন্দা কেনবদা,
ইশ্ ! ঐদি পামুইদা,
কল্লকইদা ········কল্লকইদে ।

তাং ২১ মেঃ ১৯৭৪

# নুংশি মৈচাক্না হেনবরা

নুংশি মৈচাক্না হেনবরা,
মীরা মীনোক্না কনবরা, ফুঙ্গা রামৈনা শাবরা,
থায়না পোৎলুমনা লুম্বরা ?

খোয়রুম মিনোক্না ঙাওবরা,
নুংশি রাখলনা চাকপরা, অপাম নুংশিনা পুনবরা,
পুন্সি মৈরানা চুবরা ?

থম্মোয় লকাদা চাকলিবা,
থাম্বী মৈশানা রায়রিবা, মহাক থক্কীনি কায়রিবা,
নগুং লাংগীনি থাংখিবা !

পিগে থল্লগা পিথোকলো,
পিরোই হায়রগা চুরমলো, অরাবা মৈচাক থম্মোইদা,
হেন্নদুম চারবা অহোইনা।

তাং ৩১ ডিঃ ১৯৭৩

# নোকলমদায়দা মিংচি অনিনা

নোকলমদায়দা মিংচি অনিনা,
খামলমবদাই রাহৈ অমনা,
ওইরমগনি মীনোক কয়াগী,
কায়রমগনি থম্মোই কনাগী !
কেল্লমদায়দা শাংচো ফুগায়না,
লোয়রমদায়দা লেনজো কপলগা,
তারমদায়দা ঙানবা থাজনা,
অমমবদা লোংখি অহিংদা !
নোংমদোন্দা পাইবা লৈচিল্লা,
অরেম্বদা পুখি মুংঙায়বা,
মহাককিদা খনবা রাখলনা,
অরোইবদা তিনখি মংলান্দা !
নিংঙমদ্রবা মুংশি ঈচেলনা
মুঙ্গায়লক্তা য়ৈরি খোয়শাওনা,
পুন্সিসিদা হংলি লেপতনা,
ওম্মোকইদা তায়বং মীওইবা ?

তাং ৩ জুন ১৯৭৩

# মংলান কাংখুল মরক্তা

মংলান কাংখুল মরক্তা
ৱাখল য়োংলম ফাংলুবা
নুংশি কৈদোম মথক্তা
মিৎলু পিৱাং থিকলুবা !
ৱাকচৌং উনথা ভাবদা
পুন্সি থোংনাও হাংলুবা
শুকনা মমরা থাশিদা.
ৱাখল লমহাং পাংলুবা !
মচোই মচোই কেল্লবা
উনা ৱানা মরক্তা
পরেং ঝয়া ইখিবা
পুন্সি শৈরেং অচায়বা !

মতাং 'মদা থোকখিবা
থৌদোক 'দুতা নিংশিবা
ঐবু অমুক কপশিরা
হন্না হন্না খল্লগা ?

“মতম নদি ঙায়ররোই,
ৱাগে খনবা নংলরোই,
থম্মোই 'দুগী অপাম্বা,
খংনা খংনা য়ারুবা !”

তাং ১২ সেপ: ১৯৭৪

# ঙসিসু ঙাল্লি, ঙরাংগী থাজ

| | |
|---|---|
| ঙসিসু ঙাল্লি,<br>লৈচিনসু পাইরি,<br>লৈরাংসু শাৎলি,<br>থম্মোইসু ফাওরি, | ঙরাংগী থাজ<br>ঙসিগী ’তিয়া<br>নোংমগী লৈনম<br>সুংশিগী ঈহৌ ! |
| খামহৌবা নংদে,<br>তাহৌবা ফংদে,<br>অচুমবা অমা,<br>অপাম্বা চাম্বা, | অওনবা শকতম<br>অরাংবা খোনজেল<br>অরানবা লিশিং<br>মীহৌবা লমজেল ! |
| ঐহাকসু ঙায়রি,<br>হায়বদি হায়দে,<br>খনবসু খল্লি,<br>লৈগেসু খনদে, | নহাকসু লৈরি<br>খংবদি খংই<br>ঙায়বসু তোয়রি<br>চৎকেদি হায়রি ! |
| থৈনরী লৈনা,<br>য়েংনরি হন্না,<br>ঙাংনরী ফোংনা,<br>চৎনরী কায়না, | থিনরি কোয়না<br>কৌনরি তোয়না<br>চিংনরি লোম্না<br>হিংনরি লুনা ! |

তাং ২৮ সেপঃ ১৯৭৫

# ঐনা কপলিঙৈ মতমদা

ঐনা কপলিঙৈ মতমদা
মানা নোকহল্লি থিক-থিক
ঐনা নোকলিঙৈ হৱাওনা
মানা কপহল্লি হিক—হিক !
ঐগী অৱাবা য়েংলগা
মানা নোকনরি খেক-খেক
ঐগী নুংঙায়বা উরগা
মানা মীহৌরি ইশ-ইশ !
ঐনা শাওই—মানা নোকই
ঐনা নুংশি—মানা য়েংথি
ঐনা নিংঙি— মানা কাওই
ঐনা খল্লি— ফনা খল্লি !
ঙসি নোকত্রে, অমুক শাওদ্রে,
ঙসি ঙাংদ্রে, অমুক খুমদ্রে,
ঙসি কপত্রে, অমুক ৱাদ্রে,
ঙসি লৈত্রে, ঐস্থ লৈত্রে,

কুদা থারি মমিংঃ – **শরত**
থুংফম তাকতে য়ুমনাকঃ— **অৱামবম**
**চৎফম হায়দে**— পুরি অনকপা তো´বান
পুং, ঝান, মাঙ্গং— ঐ ঙাংদে, ঐ পেন্দে !

তাং ২৫ সেঃ ১৯৭৪

# কনাদা শাওরি করিগী

কনাদা শাওরি করিগী
তানবা লৈতে ঙাংলুমু
( মা )
শাওরিবা অরানবা

করিগী শাওরি কনাদা
খুমনবা লৈতে হংলুমু
( মী )
ঙাংলিবা অপংবা

ঐ

নং

মা
থোকলিবা ৱাথোক

অরোনবা খুজিল নংগীনি
( ! ! ! ! ! ! ! ! )
অরাবা মীয়াম মীননি

---

থোংনা মোংফম থিরিবা
অপংবা মৈতৈ থৌশিংপা

ইশানা ইশা হাৎলিবা
অশিংবা শাবা অহৈবা

ঙায়খো মীওই অওনবা
নংবু মীনি হায়খিদ্রা
নংবু লৈকম লৈখিদ্রা
নাবু হিংবা ঙমখিদ্রা
নংবু চাবা ফংখিদ্রা ?

অং ১৩ জুনঃ ১৯৭৪

# লৈহাও চেন্দবা লৈবাক

লৈহাও চেন্দবা লৈবাক,
মুঙ্গায় মরক্তা য়াথল,
লোকতাক ইপাক্তা আশা,
কৌব্রু চীংদোন্দা লায়শং,
খোংজোম মচিদা থৌনা,
কংলা মপান্দা লমচৎ,
থারুনি চীংখোংদা লায়নিং,
লমফেল লমহাংদা কোম্মীরৈ,
থৈবোং মখোংদা কাঞ্চিপুর,
মাংগী——————————
——————————তুংগী
মাওশং লাকপদা ঈরাং,
মুপী মুপা অঙাং,
অহল——————————
জগোয় ঈশৈ, থবক ইংথাং
লায়রিক লায়সু—পুককিনি!
লৈরাং অমা শাৎপদো
অতুদদি! শোকপিসু ঐগীনি!

তাং ১১ জুন ১৯৭৪

# ঐগী থব়ায় মিকোল্লো

ঐগী থব়ায় মিকোল্লো,
মিগা থানা নাওকোল্লো,
মপোক তরেৎ থাগোল্লো,
হকচাং পোলাং খোমজিল্লো !

মীগী মপোক অতাংবা,
থব়ায় কৌবা শিদবা,
মোনু তাইবং অহাংবা,
লবুক থরোই অহান্বা !

থুংফম খংনা হন্দবা,
লাকফম খংনা থুংদবা,
পুন্সি কৌবা করাম্বা
তকশি চাম্মা শোলিবা !

হয়েং ফাওদি ঙায়খোবা,
ঐগী থব়ায় লৈমাবা,
খব়া খিৎতি হিংনিংঙি,
ঙসি দদি খাংখিসি ।

তাং ২৫ সেঃ ১৯৭৪

# অচিকপা অহিংগী মনাক্তা

অচিকপা অহিংগী মনাক্তা
থেংলবা থাবলগী মরুমদা
হায়রম্মী ঐহাক্না খামলগা
শাওরম্মী নহাক্না য়েংলগা।

ঐদি—

খুমহৌদে মুংশিবা ব্লাহৈনা
পিহৌদে নংঙোন্দা লৈজবা
ঙাওহৌরে ফিজিদি মালংদা
ফাহৌরে শমলাংদি মৌশিংদা।

পুন্সিগী হৌথিবা ব্লারিদা
লেপলম্মী নহাক্না ঐহাক্না
খল্লুদে মুংশিবা কায়নবা
খংহৌদে কায়থিবা কপলগা।

ঙসি—

লাল্লুরে পুন্সিসে ঐহাক্না
ফংজৈরে মৈচাকসে থম্মোইদা
কৈল্লবী লৈরাংগী মরক্তা
তারবী ঐহাকনি লৈমায়দা।

নহাক্কী মুংশিগী মৈচাক্না
কেমহল্লে নোকচবা ঙমদনা।

পুন্সিগী লেপজবা থৌদোক্না
ওইহল্লে অচৌবা মাইথিবা।

তাং ৯ ডিঃ ১৯৭৩,

# মীয়ামগী অপাম্বা খংদনা

মীয়ামগী অপাম্বা খংদনা,
পৈশানা লৈগনি খনগন্নু,
নশাগী অওইবা তাকতনা,
শোয়দনা য়াগনি লৌগন্নু।
মশাগী কাম্নবা পাম্বনা,
চাওনিংবা কানিংবা হেনবনা,
ইকায়বা খংদনা হায়জরি,
লেমজবা লৈতনা নোনজরি।

পিকলবা "মনিপুর" লৈবাকনি,
মোৎলবা রাজনিতি মকোলনি,
লুচিংবা য়াওদবা ঐখোয়নি,
হৌখিবা মিংচৎতা হিংবনি।
পাওনাগী মচাস্থ লাকশন্নু,
থাঙ্গালগী মশুস্থ ওইসন্নু,
খোমবিন্নু নৎতবা চিন্নোলনা,
থেমবিন্নু ওইদবা ব্রাহৈনা।
খংজিল্লু তাশিল্লু হায়রম্বা,
মাংহনগে থৌরাংবা লাকপনি,
"মনিপুর ফহনগে খন্দবা,
মশাবু মাংহনবা মৈতৈনি।"

তাং ৭ ডিং ১৯৭৬

কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি

# ইম্ফাল সহর লাংমল্লে

ইম্ফাল সহর লাংমল্লে,
লম্বী লমখাং নিনমল্লে,
মীরেম থোরেম য়াম্মল্লে,
কাচিন কোয়া মোৎমল্লে।
লম্বায় থম্বায় কোয়রুরে,
চীংম্নুং মাম্নুং য়ৌরুরে,
য়ুমলৈ কৈরৈ য়েংলুরে,
য়ুমবান কৈবান উরুরে।
ফিজেৎ লৈতেং হোংলগা,
অচৌ অরম কাহল্লি,
লায়রিক লায়স্নু তমলগা,
অহৈ অশিং মালহল্লি,
ফদি ফরা শেৎলগা,
লৈত লায়র শকহল্লি,
তরা লুকোই মথেলনা,
মুংঙাই য়াইফ ওইহল্লি,
ইম্ফাল লম্বাই খায়হল্লি,
তোখায় তোখায় লৈহল্লি,
মনিপুর ?
মশক থংবা ৱানরে।

তাং ১৬ ডিং ১৯৭৭

# নুংশি মৈচাক খাংনা খাংনা

নুংশি মৈচাক খাংনা খাংনা
লেল্লি চহি কুমজা কয়া
নংগী রাখল খন্না খন্না
খাংলি মংলান তুমখুল কয়া !

ঐগী লোইয়ুম্বা—
কাওদে নংগী নুংশি রাহৈ
থম্মোয় শোকপা পাওদম কয়া
নংদি লৌরি ঐবু লান্না
নংদি খল্লি ফৎতে হায়না ।

রাখল লান্না লৌরুই নংবু
থম্মোয় পান্দে খল্লুই ঐনা
লংজা ইরাল ঙাকলো নংনা
পিরো থম্মোই থমগে চেৎনা।

ঙায়রে কুইরে চাকলে ঐসে
রারে খাংলে ঙাওরে ঐসে
নুজা থম্মোয় লাংতকলেনে
পুন্সি লমাই হায়দোকলোনে।

তাং ৯ ডিঃ ১৯৭৩

# ঐগী নায়তোম পাইবা চেক্লা

ঐগী নায়তোম পাইবা চেক্লা
মুজা থম্মোয় কায়রে খাংবা
নশুং লাংগী কুইরে ঙায়বা
নহাক থক্কী খাংলে মৈশা।

নোংমা নংনা, খুজেং পায়খি,
থাবল মরক, নাক্ত ফমখি,
ইকাই থিবী, ব্রানা খাংখি,
ব্রাশক অমা, থম্মোয় অনি !

লাক্কে হায়খি, নতুং ইন্না,
পুন্সি লেমশাং, ফিজি পায়না,
থব্রায় হকচাং, পিখি ঐনা,
ওইনা চাওবা, নংগী খুৎতা !

লেনখি ঐনা, নোংজু মুংশা,
থাবুম কয়া, কুমজা কয়া,
শিরা ব্রাশক, শিরা নংগী
হিংবা ঙমদ্রে, লায়বক খিবী !

তাং ১৯ ডিঃ ১৯৭৩

# ঐগী তুমলিবা থম্মোইদা

ঐগী তুমলিবা থম্মোইদা
শোকখি ইংলবা খুৎতুনা
চিক্লা থেংলবা অহিংদা
লেনখি কপলগা ঐহাক্লা !
ঙসি ঐহাক্কী মংলান্দা
কায়খি তুমলম্বা থম্মোইস্তু
নংগী মুংশিবা রাখন্দা
লেনখি অথেংবা অহিংস্তু।
ঐগী থোৎলবা ঙকশমদা
কুন্দো পরেংনি হুকখিবা
ইকায় থিবগী শমজিদা
চিনি চম্প্রানি থেৎখিবা।

ঐহাকপু মুংশি কায়হৌবা
হায়জবা ঙমদে তমবিয়ু
নংতবু ঐনা থনজবা
খাংজবা য়ারে পুবিয়ু।

তাং ৯ ডিঃ ১৯৭৪

# নংঙোন্দা লাল্লবা মঙোন্দা

নংঙোন্দা লাল্লবা মঙোন্দা
ঙাকপিখো মুংশিবা ৱাহৈনা
নংঙোন্দা শাওরবা মতমদা
থেমবীখো অতপ্পা পুকচেলনা।
নহাক্কী ফৎতবা শিল্লিবা
মহাক্কী মরালনি কোকপীখো
নহাক্কী মাংনবা খল্লিবা
মহাক্কী ফনবা তৌবিখো।
থম্মোইগী মুংশিবা শাংকায়রি
কল্লকপা য়েংথিবা হুমদোকলি
চাওখৎপা ফগৎপা মপোক্কী
মুংঙায়বা মপোকতা তিল্লসি!
মীনম্বা ওইদবা য়াম্মল্লে
ওইদবা তমথিবা হেনমল্লে
অশেংবা মুংশিবা লাকখোনে
ঐতনা অরানবা ওইরমলে!

তাং ১৬ ডিং ১৯৭৩

# নংবুদি তশেংনা

নংবুদি তশেংনা, মুংশিবা জাৎনি মানা,
নংনদি খংরিদ্রবা !
নংত্তবু খঞবা, ভাওরবা জাৎনি মাদি,
নংনদি খনবীদ্রবা— চাকচরিবা !
ফাওঙমদ্রবা মুংশি মাগী, খাংঙমদ্রবা ব্বারি,
তমখি মানা নোংমা, লিজখি ময়েক শেংনা !
নংনদি খংবিখিদে !
নোকচরুবতনি চাক্লা, কৌজরুবতনি হরাওনা,
মবুংমক্লি খনজবীনি, মচল মকনি ওইনজবী,
মতমদিন হৌখি !
মমুং মতম ফারকখি, শ্যাইগী শাইওন খোমগৎখি,
মপাম লমদম থাদোকখি, মৌগী শিংদা খোংদাখি !
মানা চৎপ্রবদা !
ফংলবদা পাওদম মানা, কায়খিবদা থম্মোয় শোক্লা,
লোয়খি আশা অশুম্মা, লেনখি মপোক 'শিমা,
মাবুত্তা খল্লগা !
"অপংবা থম্মোয়" করি থোক্লে, করি ওইরে,
মুংশি নোংদম লাইবক থিবা, করি থোক্লে।
লোয়রে, কায়নরে !

তাং ৩ জুনঃ ১৯৭৪

# অচুম্বা ঙাকনি লৌরুবা

অচুম্বা ঙাকনি লৌরুবা,
অরানবা কোল্লুপ ওইরমলে,
ফজবা মায়থোং য়েংলুবা,
অমোংপা থম্মোই ওইরমলে।

মুংশিগী খোঙ্গুল লিরুবা
য়েকনবা তেঙ্গোল মায়য়োকলে
পুন্সিগী রাশক ঙাকপদা
অকনবা লানফম থেংনরে
তায়বংগী কুমহৈ য়েংবদা
চোকথরে মিৎশে পাংথোকপা
চৎনবী ঙাকনা হিংবদা
অঙাওবা তারে মীমাংদা !!

ঙকতগী লিকলাং পরেংনা,
ভৎতনা তারে চোয়জায়না,
পোকপগী মহৈ য়ান্দনা,
কেল্লগা চায়রে লৈমায়দা।

তাং ডিঃ ৭ ১৯৭৩।

# কপশি হায়রগা কপলশি

কপশি হায়রগা কপলশি
নোকশি হায়রগা নোকলশি
লৈশি হায়রগা চৎলশি
লৈরোই হায়রগা কায়নশি।
হৌথিবা রাখল কাওরশি
অওনবা লম্বেল থিরশি
অরাবা পুন্সি মাইয়োকশি
মীগুমনা হিংবা তমলশি—

ঐঙোন্দা য়ারে থুংনরে
মঙোন্দা লৈরে মফরে
কান্নবা লৈতে হায়নরে
মুংশিবা য়োল্লে, লৈনরে।
মাগীতা খনবা অপংবা
অরেম্বা রাখল অহাংবা
করিগী খনদে অপাম্বা
অহোংবা থম্মোই অয়োনবা?

তাং ৯ ডিঃ ১৯৭৩

# পিরাংগী মরোল তম্মুরা

পিরাংগী মরোল তম্মুরা
হিংবগী পাখোং চল্লুরা
পুম্সিগী ঈশৈ ইয়ুরা
নুংশিগী রারি লিয়ুরা ?

মোইরাংগী লাংলেন থোইবীনি
ইম্ফালগী মাইনু পেমচানি
য়াইরিবোক থম্বাল তোমথিলনি
সতি খোংনাং ফিদমনি ।

কাওবগী লমায় ফাকলগা
মতমগী লৈরোন মরক্তা
রাখলগী পৌরোল হাংলনি
থম্মোইগী মরোল লোল্লনি ।

পিথোক্কে খন্না ঙায়রিবী
নুংশিগে খন্না লেপলিবী
থম্মোইগী পাওদম অচেৎপা
কনাগী শরুক খাকলিবা ?

তাং ২৫ সেঃ ১৯৭৪

# হৌদোকলুবনি খংনিংবা হেনবনা

হৌদোকলুবনি খংনিংবা হেনবনা,
কায়হৌরুবা নথতেনে অহোইননা,
ফোংদোকলুবনি য়াদবা মতাংনা,
হায়জনিংবা কয়াশে শামহৌদনা।

লেপলমবদুনি তানিংবা থম্মোইনা,
পায়মমুংগী অয়োনবা চৈনাখোম্না,
খংনিংবদুনি মৈচাক্লা য়ায়রিবা,
খংনিংবগী পেন্দবা মুংশিনবা।

হিংনিংবদুনি পোকলগা মুংঙায়বা,
থকচিল্লগা অহোইনা খৌরাংহনবা,
মুংশিবদুনি চাক্লগা লেননিংবা,
নংগীঙাক্তা থল্লগা লাংতকননা!

থেমজিল্লুবনি খাংবদা য়াবনা,
মীহৌরুবা নথতেনে কল্লকপনা,
থল্লুবদুনি নংঙোন্দা ফোংনিংবা,
নয়ালশিবা পামদেনে লাল্লবদা!

তাং ২৩ জুন ১৯৭৪

# নিংথৌ তুরেল চেল্লিঙৈ

নিংথৌ তুরেল চেল্লিঙৈ,
খোংজোম নুবী লৈরিঙৈ,
ইমা পোগে নাওশুমগে,
নাওশুম ঈশৈ শকলগে।

পোবী শনম নমবীগে,
নচা মোরানবী পোবীগে,
হৈবোং চরোং অমতা,
থা-ও থাদরক-লোনে!

পারী নিংঙায় চাওগনবা,
তোকলো ঙসি ওইনবা,
হুইথৌ লাবা খোংলনি,
হোরেন তপ্তা লাকলনি।

হুম-হুম শুমগে তুমলোবা,
হয়েং য়েনখোং অহানবা,
চৌবী চাকপু থোংবীগে,
পারী নংবু মুংশিবা।

তাং ১১ জুনঃ ১৯৭৪।

# ঐগীনি ঐগী কবিতা

ঐগীনি ঐগী কবিতা
ঐগীনি মীগা খেন্নবা
অসিনি ঐনা পামজবা
অসিনি নংগা খেন্নবা।

মীগী রাখলস্থু পুনিংদে
মতৌ তম্বস্থু পামজদে
থাগৎ রাহৈস্থু মীহৌদে
চিরোল তৌবস্থু হৈনদে।

**লৈনানা মৈরি মৈচাক্লি**
**মালংনা মৈচম মৈরানি**
**রাখলনা চীংশাং পবেংনি**
**শৈরেংনা লবুক লমহাংনি।**

ঙসি অনৌবা শৈশকতা
ঐগী নিংজবা থুংলনি
ঐগী নুংশিবা তাম্থাদা
নংস্থু লেপতনা য়াওরনি।

থম্মোয় পেন্নবা ইজবা
ঐগী অনিংবা হায়জবা
নুংশি মাগীদা খোইরাংবা
নংনা করিগী খংনিংবা ?

তাং ১০ মেঃ ১৯৭৪

# অরাংবা মরক্তা য়াওশিরা

অরাংবা মরক্তা য়াওশিরা
অচিকপা কাংবুগা তিনশিরা
ঐহাকপু মীয়ামগা পুনশিরা
ইত্তোমতা তোপতোপনা লৈশিরা ?
ইশাদা ইশানা হংজবা
পুন্সিদা ঐতনা খঞ্জবা
অরোইবা নায়দবা রাহংনি
খুমবদা ঙমদবা পাওখুমনি ।
খনবনা পোৎথাফম ওইরিবা
ইবনা পনথুংফম থিরিবা
হিংবনা অকাওবা ওইরিবা
শিবনা নিংশিংবা পামলিরা !
অরানবা অশোয়বা থিরগা
অকনবা রাহৈদা ঙাংলগা
অচুম্বা অহৈবা শাশিরা
অপংবা শঙ্গুদা পুনশিরা ?
মখল্লি লৈথোক্কে তুমিন্না
লৈঙমদে লেম্থোক্কে তরায়না
মহৌৎনৈ পুল্লগে মীয়ামগা
খোয়দাদে থম্মোইসে অরানবা !

তাং ৮ ডিঃ ১৯৭৩

# ঐগী থাদোই পিথাদোই

ঐগী থাদোই পিথাদোই
কৌরি তোয়না পিথাদোই
নোংবান ঐগী থন্নায়নি
লোকতাক মানা শাক্কিনি।

নংগী চাকলবা থম্মোই
হায়উ তাসি অপাম্বা
নংগী অরোইবা পাওদম
করম হায়না লিশিবা।
খোয়রেন তাক্কি লময়াইদা
নোংবান মরাই চায়থরে
পাম্বা কৈনা শোকপদা
অমং য়াইথোং কুমথরে।
কুম্বী তেরা থাদুদা
নংনা ইতৈ কৌরম্বা
মমোম নংসু ফত্তেদা
নোংবান থম্মোই শোকখিদা।

নোংবানতনা লাল্লবা
থম্বা ঙাক্না শিংথাবা
মিচং নায়বা ইতিহাস
নোংবান মরাল পিমল্লি।

তাং ১১ ডিঃ ১৯৭৩

# ঐগী খল্লিবা কনানো

ঐগী খল্লিবা কনানো
ঐগী ৱারিবা করিনো
কাওবা ঙমদনা কপলিবা
খাংবা ঙমদনা লেল্লিবা ?

ঐদি লায়না লৌরুরে
নংবু লান্না খল্লুরে
মৈচাক খাংনা লৈহল্লে
মৈশা লাংনা লেনহল্লে।

হায়উ ঐগী লোয়নবী
তম্মু নিংবা বায়রবী
মতাং অমা হৌখিবা
থৌদোক অদু নোহৌনা !

ইরাল থিগে খল্লম্মু
মরাল পিগে থৌরাংম্মু
নংগী পিরাং মরক্তা
ঐনি হিক্লা কপলিবা !

তাং ১০ ডিঃ ১৯৭৩

# ভিক্ষা নিনা চংলনি

ভীক্ষা নিনা চংলনি
মৈতৈ ওইবা তল্লনি
কোক্তা খুৎপু হাপলনি
কপনা কপনা হিংলনি !

চেনবা য়াদে মহিংঙু
হনবা য়াদে মথাংঙু
ফদি ফারা খ্বাংওইনা
লৈত লায়র মাংওইনা ।

মৈতৈ ওইনা পোকচরোই
লৈবাকসিদা হিংজরোই
'পংবা ঐদি লৈজরোই
সনা লৈবাক কৌজরোই ।

লবুক লমহাং অশংবা
ঙসি ওইরে লৈকংলা
ইম্ফাল সহর অরাংবা
ঙসি ওইরে কৈশুমশং
চীংন্নুং মান্নুং অইংবা
ঙসি ওইরে ৱাথোকশং
"থৌনা লৈবা অকনবা
মিংদা ঙায়রে অথোবা !"

তাং ১০ জুনঃ ১৯৭৪

# য়েংঙু আদা চৎলিবী

য়েংঙু আদা চৎলিবী,
ফনেক খোংদায় শেৎলিবী,
তরা কৈথেল কারিবী,
মৈতৈ চনু লাইরবী।
চায়াম পোকপী য়াঙ্গংবী,
মীওই মীতৌ শামলবী
কুচু কুমেন মকলবী,
নংবু পোকপি তোল্লবী !
পাৎতা কুমলা লোংখোনবী
চী'দা কারা শীংচনবী,
লাংবন মুংশা খাংলিবী
চারা নো'খন তাল্লিবী।
নোংমা ফানা পোৎথাদ্রি,
মিৎলু লাইজ কংলকত্রি,
পুকচেল অনি লোংলকত্রি,
রাই কৌবদা হায়রকত্রি !
মিৎনা হন্না য়েংনিংদে,
থম্মোয় ঐনা খাংঙমদে,
ঈগী পিরাং শিল্লিবা,
পেল্লো মৈতৈ অশিংবা !

তাং ১৮ জানঃ ১৯৭৪

# অরাবা লোয়দবা মফমদা

অরাবা লোয়দবা মফমদা,
চৎলগা থুংদবা লমথুংদা,
করিগী পুরি ঐবু লেপতনা,
করিগী কৌরি নংনা কপলগা ?

অথাপ্পা অচিকপা লমহাংদা,
অমমবা অশুকপা লোকন্নুংদা,
অথেংবা অহিংগী মংলান্দা,
শিরবা থাশিগী অহিংদা ?

চৎলগা খংনবা লৈতবা,
হংলগা অশেংবা তাকতবা,
থুংলগা পোৎথাফম পিদবা,
করিগী চৎলুনি হাথুনা !

ঙায়বদি ঙায়বনি ঙসিস্থু,
লাকপদি লাক্কনি ঐহাকস্থু,
কলকপা য়েংথিবা ময়ামনা,
লোয়শিনগে হোৎনরি নংনবা ।

তাং ৯ ডিঃ ১৯৭৪

# চৎলিবা হিংলিবা পুম্বসে

চৎলিবা হিংলিবা পুম্বসে
নিল্লিবা লাংলিবা ময়ামসে
নোংমদি শোয়রোই উররোই
ঐহাকসু শোয়রোই য়াওররোই।

নহাক্কী মায়থোংসু কাওরনি
মুংশিগী চিরোলসু লোয়রনি
থম্মোইগী মরুপসু চৎখ্রনি
পুন্সিগী কুমহৈসু লোয়খ্রনি।

পিরাংনা শিন্নবা মিৎলুদা
লিকলানা খিকলবা অহিংদা
করিগী হিংনিংবা মীওইবা
করিগী থিরিবা অচুম্বা ?

ৱাখলগী লেপতবা ঈচেলনা
খুমনবা ইশিল্লি নহাক্কী
শিরগা অমুকসু লাকখিদ্রা
লাকলগা অমুকসু চৎখিদ্রা ?

তাং ১০ ডিঃ ১৯৭৩

## ইংন্না চিক্লা ঙায়বা

ইংনা চীক্লা ঙায়বা
ৱানা কপন্না থাংবা
ঐহাক নথতে নংগী
থম্মোয় মরোল লোনবী।
নংনা হায়বা লৈতে
শেংনা তমদে ফোংনা
পূকচেল মরোন য়াম্বী
ৱাথল চাম্মা লোংবী

থাবল থোকই খল্লি
লৈচিন উরে কপলি
মহাকপুস্থ ঙায়রি
ঐহাকপুস্থ থামলি।
খল্লা খল্লা ঙায়রি
থম্মোয় কোইহা হারী
নংদি লোয়না মুংশি
ঐদি নথতে নংগী।

তাং ২৭ ডিঃ ১৯ ৩

# ঈশ্বর ! কৌনু তোয়না

ঈশ্বর ! কৌনু তোয়না
হন্না হন্না শোননু
নংবু পামদে মানা
কোয়না কোয়না থিন্নু ।
ন্নুংঙাই য়াইফ কাংবু
অচৌ অশাং শঙ্গু
ঙসি নরাল খংলো
নংগী নপাপ ফংলো ।

কৌনু খুমলোই মানা
হায়নু তারোই উনা
মাদি কোয়না চৎলি
অরা অনা য়েংলি ।
লায়র খাংপোক শংদা
পিদৎ পাদৎ নাক্তা
নক্না ঈশ্বর লৈরি
ল্যাপনা নংনা থিরি !

মীগী রাখল খল্লু
মীবু 'ফবা তৌরু
মীগী রাবা খংউ
'দুগা ঈশ্বর থিরু !

তাং ১৭ ডিঃ ১৯৭৩ ।

# ঋাহৈ অমনা পেনবা

ঋাহৈ অমনা পেনবা,
ঋাঙাং অমনা শাওবা,
হৌবনা থোদোক অমা,
লোয়বনা ঋাথোক চান্মা।

থিবনা মীয়াম লিশিং,
ফংবনা মাগী লৌশিং,
ঙায়বনা ঐগী থোদাং,
কাওবনা লোইবা থৌরাং!

মীওই তোঙান তোঙাননি,
পুকচেল মখল মখলনি,
মীকুপ খুদিং হোংবনি,
ঐস্থু নংস্থু চিরোলনি।

মিথেয়েং অমা লানবদা,
থম্মোই কয়া কায়নরি,
নিংবা অমা কায়বদা,
পুন্সি কয়া কেমনরি।

তাং ১৬ ডিঃ ১৯৭৩,

# করিগী লেপতে—ইম্ফাল তুরেল

করিগী লেপতে—ইম্ফাল তুরেল
করিগী কংদে—লোকতাক ঈপাক
করিগী কেন্দে—হৈরাং লৈরাং
করিগী তোকতে—থাবল চোংবী
করিগী কাওদে—বারুনি চীংশাং
করিগী রাদে—লৈবাক মচা
করিগী হিংদে—পাওনা থঙ্গাল
করিগী য়োনদে—জগোয় ঈশৈ
করিগী মাংদে—মৈতৈ লৈবাক ??

—ইম্ফাল তুরেল খোংবান ওল্লে,
—লোকতাক ইপাক ফুমনা থল্লে,
—হৈরাং লৈরাং লৈনম চেল্রে,
—জগোয় ঈশৈ কারবার ওইরে,
—থাবল চোংবী লমচৎ মাংলে,
—পাওনা থঙ্গাল মমিং কাওরে,
—বারুনি চীংশাং লাইফম নৎত্রে,
—লৈবাক মচা থবক লৈত্রে,
—মৈতৈ লৈবাক লৈক্রক চৎলে ।।

তাং ২৯ সেঃ ১৯৭৪

# ইকায় ফিরুক খুমলবা

ইকায় ফিরুক খুমলবা
খম্মোই লিশাং থারগা
মরাল ফংনা হিংলবা
ফংতে খংনা চৎলগা !

অহিং মিশেন থাংবনা
নদোম তরক খাংবনা
পুকচেল ফাবা ঙমলরোই
রাখল হৈজিং ফাররোই ।

থেম্মু কন্না থেমজিলহৌ
রাবা মরি চৎপনি
কম্মু হিক্না কপচহৌ
পিনা মুংশি মহুনি ।

অশুম তৌনা লৈমায়দা
লৈরাং, কয়া তারিবা
করম হায়না নৈথৎপা
থম্মোই কনবা খুৎতুনা ?

তাং ২৭ সেঃ ১৯৭৩

# অচুম্বা লৈতবা লমশিদা

অচুম্বা লৈতবা লমশিদা
মুংশিবা য়াওদবা লৈহাওদা
থারুরে ঐহাক্কী থাজবা
খিকলুরে মীনুংশি লমহাংদা!

অশাওবা য়েংথিবা মীরক্তা
কল্লকপা মীহৌবা লৈকোন্দা
শাৎলম্বী ঙরাংগী শিঙ্গারৈ
কেনগনি খনবদা হরাওজৈ।

অইংবা অতপ্পা পামজবা
অশেংবা মুংশিবা খোয়দাবা
ঐহাকনি অওইবা থিরিবা
ঐহাকনি ওমলগা চাকলিবা!

তাশিল্লি লেপতনা লোয়নমক
শাগৎলি অপুনবা "মনিপুর"
কায়রবা তোয়রবা য়ুমফমদা
করিগী শেমলুনি নিংখায়বা?

তাং ২৯ সেঃ ১৯৭৪

# হায়নিংবা কয়াসে

হায়নিংবা কয়াসে
হায়ররোই কায়দে
ত্যারিবা ময়ামসে
তাররোই তোকলগে ।

কপলগা হৌবসে
নোকলগা লোয়রগে
রারগা লেনবসে
কাওরগা লেললগে !

থাজবা মাংলবা
অহোংবা মতমদা
আশাদা তৌরুবা
ফবতা থল্লুবা !

রারেংসু কায়দে
শৈরেংসু ইনিংদে
রারিসু তানিংদে
মিংচৎসু পামজদে ।

মীওইনা পোকনিংদে
মীচংসু ওইনিংদে
মীরাসু ঙাংনিংদে
হিংবসু হিংনিংদে !

তাং ২ ডিঃ ১৯৭৩

# হৌখিবা রাখল অমনা

হৌখিবা রাখল অমনা
ঐহাকপু তৎতনা শাওহল্লি
অহোংবা পুকচেল অমনা
ঐহাকপু লেপতনা থেমজিল্লি।

মীনম্বা পরেংগী মরক্তা
ঐহাকস্থু অমনি ওইদবা
কপলিবা থম্মোয়গী মিৎলুদা
শিল্লিবা পিরাংনি অরেম্বা!

চৎনবী ডাকপগী হিংবনি
মীওইনা পোকপগী থাংবনি
মুংশিবা ঐহাক্কী ইরালনি
পেন্দবা থম্মোয়গী পাওজেলনি।

অহোংবা পুকচেলগী লোনম্বা
অওনবা তাইবংগী করাম্বা
থাজবা লংলানি তৎলবা
য়েংথিবা লৈইনা চিংলবা!

জাং ১৪ ডিঃ ১৯৭৩

# অমকপা নৈতবা থম্মোয়না

অমকপা নৈতবা থম্মোয়না
অশেংবা হোংদবা পুকচেলনা
নিংজবা অমগা লোয়ননা
হিংজবা ওন্নজবা লেংদনা ।

কলকপা য়েংথিবা মীরক্তা
ওইজবা কাম্নবা মরক্তা
নহাক্কী মুংশিবা কাওরুরে
অরানবা রাখল্দা লেল্লুরে ।

মিৎলুদা পিরাংনা শিল্লগা
থম্মোয়দা অরাবা হাপলগা
নহাকপু তৎতনা নিংশিলি
অমুকস্থ অহোইনা চাকহল্লি !

পোকপগী রাবতা থাংলবী
কপ্পনা নথোদাং ওইরিবী
ঐহাক্কী থম্মোয়সে লোশিল্লো
অমম্বা মায়খুমদো হায়দোকলো ।

তাং ১৬ ডিং ১৯৭৩

# ফংলোয় খন্না মীতাবা

ফংলোয় খন্না মীতাবা
য়ারোয় খংনা মীহৌবা
থম্মোয় নংস্থু পংমল্লি
পুকচেল নংস্থু চোপমল্লি।

লৈরাং লৈহি চেন্দবী
শিঙেল লৈনম য়াওদবী
অয়ুক শাংপী মুমিৎলৈ
ইরাং শমজি থেৎনলৈ।

চিনগে খল্লি নাপদা
থম্মোয় ঐনা খোয়দাদে
থেৎকে খল্লি পুন্সিদা
থরায় ঐনা য়ানিংদে।

অওন অওন খল্লীবী
লৈরাং লৈশক নায়দবী
হয়েং করি ওইগনি
অসি খক্তি খংনিংঙি?

তাং ১০ ডিঃ ১৯৭৩

# নহালস্তু মচংলুই, মিংচিনা য়েংলকই

নহালস্তু মচংলুই, মিংচিনা য়েংলকই
ঙরাংস্তু মহংলুই, হরাওনা খুমলকই
ঙসিস্তু মকৌরুই, নোক্লগা য়েংলকই
চংখিসু খামলকই, ঙায়রগা লৈহৌই।

মুংশিবা খোঙ্গোল্লা, অমেংবা খোঞ্জেলনা
খোয়থুম্বা চিনবাল্লা, থেমজিনবা রাহৈনা
হায়রম্মী লেপতনা, ঐহাক্কী নাপদা
নৌরিবী লৈরাংনা থম্মোইগী অরোনবা।

অপাইবা লৈচিন্না, হুমদোকখি খংহৌদে
তমথিবা মতম্না, কায়হনখি নংহৌদে
ঐগীনি লেপলম্বা, তাকতনা চংখরে!
মাতনি খল্লম্বা, ইতোমত্তা লেপহৌরে!

থাজবা থমলুবা, ঐহাক্না লাল্লবা
অহাংবা তায়বংদা, সেপহৌবা তারবা
পুন্সিগী রাথোকসে, খাংবদি খাংলগে
খাম্বদি খামলরোই, লিবদি লিরমগে।

তাং ২ জুনঃ ১৯৭৪

# নিনি চেংজেন পুরগা

নিনি চেংজেন পুরগা,
মিংচৎ থিবা লাকপরা,
নোংমা ঙহাক লাকলগা,
পজেং ফিরাল থেৎকেরা ?

য়েক্লা তিংখং মরকনি,
তায়বং লম্বী লমথায়নি,
মীরা মীনোক চাওবনি,
কলক মিৎয়েং য়াম্বনি !

লংজিন পুল্লবা লংলা,
থোক্কে খল্লুমু কিশি,
য়ুমফম য়াওদবা আশা,
শাগে খল্লুমু দলান।

ওইয়রোই মিংচৎ তোলোইবা,
ফংলরোই মুংঙাই য়াইফবা,
শিরগা ফাওবা মিংচৎনা
নংঙোন্দা করি কাম্নবা ?

তাং ১৮ ডিঃ ১৯৭৩

# করি কাগ্নৈ, করি তোংজৈ

করি কাগ্নৈ, করি তোংজৈ
করি কংজৈ, করি ওইজৈ
ব্বাদা ব্বাবা, নোমদা নোম্বা
শুদা শুবা, হিংদা হিংবা !

মিংচৎ তাল্লি, মায়থি হল্লি
শেন্দোয় তাল্লি, শেল্লেপ মাংলি
নোকপা তমলুই, কপ্পা ফংলি
হিংনবা হোৎনৈ, শিবনা হাল্লি !
মিকুপ খুদিং, পুংজা খুদিং
চৎলুই হংলুই, মীপুম কয়া
হংলুই ব্বাহং, মীবু মীরা
পিগ্নি পাওখুম, ঐবু ঐরা ?

চৎকে থল্লি, থুংফম থংদে
চৎলোয় থাংডি, থাম্বা ব্বাদে
ঙায়বা নংদে, হায়বা তাদে
হিংদি হিংলি, হিংফম থংদে।

তাং ১১ ডিঃ ১৯৭৩

# য়ুমদা লৈরে খাংঙমদে

"য়ুমদা লৈরে খাংঙমদে,
লমদা চৎলে খোয়দাদে,
মীয়াম তিম্লে কাওঙমদে,
নশক উদে লৈঙমদে।"

**তোম্লিদা মুপীগী মপোক।**

ছায়গে থম্না লাকচবা
কলক মিৎয়েং য়াম্বনা
য়াথল নিংহন নহোরে
পুন্সি য়াশক কায়হোরে!
থম্মোই শোকতে লোগনু
নিংবা কায়দে থনগনু
নিংশিং নিংশিং হিংলিবা
খাংনা খাংনা চাকলিবা!
য়াবা খাংলে ইতোমতা
মৈশা কংলে ইথনতা
খোংকম খুদিং পুৎথবা
মুপী ওইবী তোম্লিদা!

তাং ৬ জানু: ১৯৭৪।

# অরৈ লৈতগী ব্রাফম

অরৈ লৈতগী ব্রাফম
অমাং অতোংগী শেনফম
লৈবা হিংবগী কারবার, অরা মুংঙায়গী কৈথেল।

লৌনম নমথাক্কী মরুপ
অওই ওইদগী য়ুমফম
মীনম চিরোলগী লৈফম, 'সিনি মতমগী সমাজ।

খোংথাং খুদিংগী কায়বা
মিকুপ খুদিংগী হোংবা
নোংমা নোংমগী লেনবা, মীনা মাংহনবা লৈবাক।

ব্রারেম থৌরেমগী খোল্লাও
মীরেম মীজাওগী ব্রাজাও
তারে নাকোং মেনশিল্লে, পেল্লে নাখোং শাহল্লে।

মাগী ঐগীতা ওইনিংবা
ওইজ ওইথক্কা থিনিংবা
নিংবা থুংলগা নোকপা, ব্রাবা তারগা চেনবা !!

তাং ২৫ জাঃ ১৯৭৪

# মাগা খুজেং থানরে

মাগা খুজেং থানরে
থাবল চোংবা লোইশিন্নে
মুজা মদোম নৈহৌরে
ৱাথল লমজেল থাহৌরে।

পম্বৌ শুমাং মরানম্নাই
চিক্লা হৌবা নৈখোংদা
ৱাথল-নদি ফোংঙমদা
ঙাম্নবা খক্তা লেপহৌরে।
খুজেং পালোই মিন্ননা
মুংশি খুমাং চাওরুরে
থাবল তাম্না মরক্তা
পুক্সি থোংথাং হাপলুরে।

ৱাথল খোংদা অহানবা
শকথং মায়থং নহৌদা
মুংশি মশক থংঙুরে
মুজা মরাল ফংহৌরে।

তাং ২৬ জান ১৯৭৪

# উরেরোই উরে. য়েংলরোই

উরেরোই উরে— য়েংলরোই
ঙাংলরোই তারে— হায়ররোই
তাররোই খংলে— খুমলরোই
লাকলরোই হল্লে— চৎলরোই !

পুন্নমক— ইল্লে হৌনবী
লোয়নমক— উরে চৎনবী
ঙমনমক - তারে হায়নবী
খুদিংমক— ওইরে খংনবী !

তাকপিরি থোয়না— ফনবা
হায়বিরি তোয়না— খংনবা
রাবিরি হেন্না— শিংনবা
তম্বীরি কুপনা— হৈনবা ?

পামদে— লৌনিংদে— হায়বীনু
লোদে— তানিংদে— তম্বানু
পেল্লে— উনিংদে— লেপ্পিনু
খংলে— লৈনিংদে— থেম্বীনু ।

তাং ১৯ সেপঃ ১৯৭৪

# মশেন মরাং, মমি শামি

মশেন মরাং, মমি শামি—
উরি মিৎতা, পাইরি, চৎলি
মতম, মফম, মীয়াম, রাখল
থৌদোক, রাথোক, অশি, অনা
চিবোন চিবোন রারি তারি
হিংবা, শিবা, লৈবা, চাবা
থকপা, তুম্বা, চৎপা, কপ্পা!

থৌদোক মথৈ, মশক নায়রে—
রাখল মপৈ, মরোল মরোল
নিংবা কায়বা, আশা তৌবা
লৈতা লায়র, অরা মুংঙায়
নহা অহল, মুপী অঙাং
অকপ অরাও, খোঞ্জেল তারি
খিংবা ঙমমদ্রি, পুমলাং লাংলি!

চোয়রোন——, চোয়রোন, তায়বং -
মতম অমা, ইংনা লেনখি
ঙরাং অমা, লাংনা হৌখি
ঙসি অমা, আশা তৌরি
হয়েং অমা, মংদা তাওরি!

তাং ১৫ আগঃ ১৯৭৪

## পৃথিবী = O

মীরোল ১00 × ১00 × ১00

মপোক ১000 × ১000 × ১000

মীওই ১000 কয়া

জীব মখল কয়া

লাকই পোকই হিংই

চৎখি হনখি মাংখি

পোকপা × পোকপা × পোকপা

শিবা × শিবা × শিবা

= কপ্পা × ৱাবা × হিংবা

= পুন্সি — মুংশিবা

= ?

লৈবাক কয়া কয়া + জাতি কয়া কয়া

পুকচেল তোঙান তোঙান — লৈরি মচোয় মচোয়

মীবু মীনা হাৎলি

থম্মোয় শোক্লা কপলি

ঐনা মাংদা চৎলি

নংনা তুংদা ইল্লি

কোয়বা পৃথিবী = O

তাং ৩০ সেপঃ ১৯

পুং ১০ অয়ুক।

# অহৈবগী উহৈল

---

লৈবাকশিদা পোকলগা
লৈবাকশিদা শিদবা
সিদনি ঐনা পামজবা
সিদনি ঐনা ঙায়রিবা

[illegible] ——

মনিপুর, মনিপুর নত্রে
ঐহাক্কী শরুক থুংত্রে
থুনমক চংখিবা করে।
পোক্লকম লম্বদম
মী থরতগী হিংবা

ঐগী অরোইবা শৈরেং

তাং ২০ সেপটেম্বর ১৯৭৪